তাওথরকপদা তাওথিংমাংনা লৌখত্তুনা শাবু মতুপ ৯ থোক্লা য়েন্দুনা অমুক পুরক্কদবনি হাইদুনা পিরগা চাথোকখ্রে হাইদুনা য়ুম ২দি পুরক্লে । পুরক্লীবা য়ুমদি চেংলৈনে, উমং লাইনে অনি অশিনি। উমং লাই নখোইদি করিগী নচিঞ্জাকশু নত্তন করিগী চারি নখোই চেংলৈগা ফিশেৎ মান্ননা লৈরো হাইখি। উমং লাই ৪দুদি ১-ইরোংমা, ২-করাংমা, ৩-তাকমুব, ৪-য়াংকোইমা অশিনি চারো হাইনা পিবনি খন্দুনা চাখিবনি। য়েন্দুনা পীখিবা য়েক অদুদি ১ মঙাং, ২ লুৱাং, ৩ খুমন, ৪ অঙোম, ৫ মোইরাং, ৬ খা-ঙানবা, ৭ চেংলৈ, ৮ শবাং, ৯ উমংলাই মখোই ৯ অশিদা য়েনবনি। শনগী করমবা মফমনা কনাদ পীবগে হাইবদুদি পুয়াদা য়েংঙু ।

নিংথৌ য়াইরবগী মতমদা লুৱাঙ্গী নাওদা শেংবা পিবা লৈতবদগী লোন অহুমদি পিবা হাপ্লা য়াদদুনা হাপ্লে। লোন অহুম শুবা নিংথৌ চেঙ্গী হাক্তক্তা অমুক লৌখৎনবা থিনবদা থিনবোং ৱায়াববু অমুক হাপখি । মথং ১৭শুবা চেংলৈ ইপান লাম্বুবগী মতমদগী লুৱাঙ্গী লৈত্রে। খুমন পিবা চেকয়াম্বনা লান হৌবক্লুনা অৱাশংদা থমখি। মহাক্কি মতমদ পানা ৪গী লাকপা হাপ্তুনা ফিশেৎ লৈতেংদুনা ফম্বান তোংখি ।

৩৭শুবা নিংথৌ খোম্বগী মতমদগী খুমন পিবা কাংলে ।

মোইরাঙ্গীনা সনা হোংবগী মখা নিংথৌরোল ৩৮শুবা কিযাম্বগী মতমদগী পীবা কাংলে । ভগ্যচন্দ্রগী মতমদা মোইরাঙ্গী নিংথৌ খৈলৈ নোংনাং তেলহৈবা হাপ্লি। গম্ভীর সিঙ্গী মতমদা লুৱাংববু মোইরাং নিংথৌ হাপখি ।

৩৯শুবা কোইবেম্বগী হাক্তক্তা নাওদা অশেংবা ফংঙক্তবদগী পিবা হাপ্তবা য়াওবে । নিংথৌখোম্বা ৩৭শুবদগী খুমন পিবা লৈত্রে। মোইবাংগীনা ৩৮শুবা কিযাম্বা হাক্তক্তগী পিবা লৈত্রে, কোন্না খেলৈ নোংনাং তেলহৈব, লুৱাংবা কোন্না নৌনা হাপখিবনি ।

অঙোমগীনা ৪৫শুবা মুংয়াম্বগী মতমদগী পিবা লৈত্রে ।

## য়েক্তি শিবা কংঘ্রবদা

| | | |
|---|---|---|
| লুরাংবু | - | খাইজশি লুপ খ্বাইলাকপা |
| খুমনবু | - | কোংজরুপ য়াইস্থুল্লাকপা |
| অঙোম | - | লুপলেনলুপ খুরাইলাকপা |
| মোইরাং | - | চিংজরুপ্লাকপা লৈচোল্লাকপা |
| শরাং | - | থৌজরুপ ব্রাংখৈ লাকপা |
| খাব-ঙানবা | - | লুপা খুবা লুপ |

অশুম্না ময়ামদগী খাইগত্তুনা মশিং ব্রাত্তনবা শেমগত্তুনা থম্মি ।



# কাংজৈরোল

লৈবাক অসি হান্না লাইঙাক্তা লৈরম্মি। মতম অদুবু শিংথেক্তবা হয়ম চক হাইনা কৌরম্মি। নুমিৎ, থা, থৌব্রাইপিচা পুথোকপা লোইরদুনা মপারি লাইমিংথোই, মশানৌ কোঞ্জমুথোকপবু মালেম্মু শেমহল্লে শেম্বা লোইরবদা মাইগৈ ৪, চিরা ৪, লৈথক-লৈখা লাইশিংনা লৈনব হৌরে। লাইয়াম্না মখোই পুম্বশে কদাইদগী লাকপনো কনানা পুথোকপিবনো খন্নবদা ব্রাখল লাম্বা ফংনদ্রে। নোংদম্বগী মফমদা চংদুনা হংজবদা লাইময়ামশে নোংদম্বগী মতিক ময়াইদগী মহৌ মহৌ শাফোংনখিবা, শাথোক্লখিবা অদুনা অমুক মথং-মথং নোংদম্বগী থৌরম্মু পাংথোকপা ঙম্নবা থৌপুনখিববু শিন্তাক্লা তাহল্লবদা লৈরিবা লাইশিং তুংদা খংনা শমথহৌবা য়ানবা লাইশিংশে কদাইদগী লাকপনো খংনবা লাইহরাওবা কৌবা লিলা অমা পুথোক্তুনা শন্নে। লাইহরাওবা লোইবা নুমিত্তা লাইশিংনা শগোল তোংদুনা কাংজৈ কুম্লেবু মপুগী মফমদা মাইয়োক থানা উৎনি। শান্নবা লোইরগা লৈশিরেন্না কংলৈদা পুশিন্দুনা অচা-অথক, অথুম-অহাও পীজদুনা হরাও তয়াম্নহল্লি। শান্নবদি খাগ-ব্রাঙ্গ য়ৈনদুনা শান্নবনি। পাঞ্জনফম্না মখা য়ৈবনা চিংঙা পীশুমদা ওই। ঔব্রাং য়ৈবনা চীংমৈগা মপা পুঙ্গদা ওই। ফুন=কাংদ্রুম হুনবদি নোংপোক অচিবা মরুনা হুল্লি। কাংজৈরোইগী ফিশেৎনা খ্বাংশেৎ কোনখাং শাইককপা, নমথাং=তোলোক ফিশাং। ফি লাংবনা হৈরোং লৈমা চরৈ ফিঙশ্বীনা ঙম্মি। ফিয়েনবনা কৈরুংবনা ফিরোন মচু তম্না য়েন্দুনা শেৎনৈদো। ঔব্রাং য়ৈবনা ফৈচোন ঙাংঙ্গনবাঁ, কোনখাং নাপু ফিশাং নমশা অঙৌবা। মখা য়ৈবনা ফৈচোন নোংথৌমচু কোনখাং অশঙবা ফিশাং নমশা অঙৌবনি ।

## নোংপোক লেপ্পা মখা য়েব

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১ | পনঙাকপা | - | মার হনবা |
| ২ | পনঙাকপা | - | চিংঙু খপ্লাংবা |
| ৩ | পল্লকচন | - | চিংঙু ইরুপ্পা |
| ৪ | লাংজৈ | - | চিংঙু ইকোপলাই |
| ৫ | পঞ্জেন পল্লকচন | - | চিংঙু ইরোংলাই |
| ৬ | পঞ্জেল চল | - | নোংশাবা লাইমিংথোই |
| ৭ | পঞ্জেনবা | - | নোংপোক অপাম্বা |

## নোংচুপ লেপ্পা ঔৱাং য়ৈবা

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১ | পঞ্জেনবা | - | কৌব্রু লাইলোংবা |
| ২ | পঞ্জেল চল | - | চিংঙু নুংবা মহাবা |
| ৩ | পঞ্জেল পল্লক | - | নম্বুল লাই |
| ৪ | লাংজৈ | - | যাঙ্গোইলাই |
| ৫ | পঞ্জেল পল্লক | - | ৱাংব্রেন |
| ৬ | পনঙাক চল | - | চিংঙু খোইরি ফাবা |
| ৭ | পনঙাকপা | - | থাংজিং |

অশুম্না কাংজৈরোই ১৪না শগোল তোংদুনা শান্নবা কাংজৈবু শগোল কাংজৈ শান্নবা কৌনা চহি খুদিঙ্গী লমদা থাগী অহানবা থাংজগা অরোইবা থাংজগা শান্নে। মশিনা লৈবাক অশিগী অহানবা শান্নবনি। মথং-মথং অশুম চথরকপনা হয়াচক, খুন্ন চক্লা হৌখ্রগা লাংব চক য়ৌরক্লবদা থক্তা চৎনরম্মিবা থৌরম্বু কাওনখিবগুম তৌরুরে। খৃষ্টাব্দ ৩৪দা লাইম্ননাবু ওইথম ফম্বালাংনা নোংদালাইনা মৈতৈ লৈবাক চীংবুরোই তম্বুরোই পুম্বগী পিবা ওইরবা মতমদা নুমিৎ খুদিঙ্গী অয়ুক নুংথিল নাইদনা লাইরুপ মীরুপ খাইনা ফম্বে লাংবা হেক হেক চৎলি। নোংমা লেপ্তুনা চৎলকপা অশিদা নোংমা লাইম্ননা মবুংঙোদা হংজৈ। মৈতৈঙু নুমিৎ খুদিঙ্গী ফম্বে লাংবনি হাইদুনা নোঙ্গাংদনা চৎলিবশিবু

চিংঙু খোইয়ুম কনা তাইবং কনা উনবা চৎপিবনো চত্তবা য়াদ্রবা করম্বা মরম লৈদুনা চৎপীবনো হংঙি। চুম্মি ইবেম্মা নংনদি মহাইবা চত্তবা য়াদবা উনদবা য়াদবা মরম্ননি। কনানিনা মদুতবু খংজনিংঙি। ইবেম্ম নুমিদাঙ্গী মতমদনা চিংঙু লাইগা অদুগা অয়ুক নুংথিন্দনা নমু তাইবঙ্গা ফম্বাল লাংমিন্নদুনা পাওশানৈ । মৈতৈঙুগী পাউখুম তাবদা লাইস্না মিৎস্না ইরা চেন্দুনা হাইজৈ। লাইস্না ঐশিবু করি মপোক্লো ইচা ২ লৈজবদা ইচা অমদি উজবা ব্বারি ব্বাতাই শান্নবা ফংঙি অদুগা ইচা অমদি লৈ হাইবদি তারগা উজবদি ফংদবশিবু ঐগী ইরাল করি লংজখিদুনা ফংদবনো থেম্বা য়াদনা কপ্পি। লাইস্নগী অব্বাবা উবদা মৈতৈঙুনা হাই - ইবেম্মা নংদি তাইবং মপোক্লি তাইবং মপোক্তা পোকপনিনা চিংঙু খোইয়ুমগা ফম্মিন্নবা য়াদে মরম অদু লৈবনা নচা অমনা উনদবনি অদুবু ইবেম্মনা কন্না মহাইরবনিনা ঐ চিংঙুশিংদা মতমগে য়াবিরবদি মফম্মিন্নবা য়াগনি। অশুম্না ঙাংনরিঙৈদা ফম্বে লাংবা খরা থেংদোকখ্রে।

নুমিৎ অদু নোংদালাই খোংব্বাই খরা থেংনা কারক্তুনা ফম্বাল লাংমিন্নে। থেংঙকপগী মরম হংনরকপদা ইমুং মনুঙ্গী ব্বাবু হৌদোক্তুনা ঙাংনরকপদা লাইয়াম্না চুম্মি ইমানা তাকপিবা লাই ঐখোইনা লাল্লে ইমাবু ঐখোইনা থিদবদি ঐখোই লাল্লবনি ইমাগীদমক মাইয়োকথা লাঙ্গনি হাইনদুনা লমদাগী অহানবা থাংজ নুমিৎ থক্তুগী চৎনরকপবু কাইদনবা কুম্মে উৎশি হাইনদুনা শগোল পাওজেল চেল্লে। লাংব চক্কি কুমশিং ৩১৫০ নোংদালাইগী চহি ৪২ খৃষ্টগী চহি ৪৯দা ব্বাহৌ ব্বারোই লাংদাই পুংদা লাইগী শগোল কাংজৈ শান্নগনি নংনা নংনা অঙম্বা ইমাগী মাইয়োকথ লাংঙরো হাইনা পাওজেন্দুনা মবুং পোইরৈতোন্না চাকহাওগী চেংবু য়াম শাদুনা পুরক্লে। থৌব্বারেন্না ওম্পোৎ লফোইবু মীপোৎ ১০, ঙাংহুম্বোক্লা শঙ্গোম মীপোৎ ১৫, ইরোই মখোম অফম্বা মীপোৎ ১০, অরোংনা চুহিং মীপোৎ ১৫, চুহি মীপোৎ ৫, খাবা মহৌ নিংথৌগা মঙাং য়ুকোই য়াঙ্গ অনিনা খোইদগী লৌবা খোইহি মীপোৎ ১গা পুনরক্তুনা থম্মে। লাইস্ননা চুহিং মীপোৎ ১৫বু ইখৌলাংববু পীথক্লবা থম্মে। ব্বাহৌ ব্বারোই লাংদাই পুংদা মীরুপ লাইরুপ চোন্না তিল্লে। নোংদা-লাইবু ময়ুম পিবা ৪না থৌগন লাংনা পুখ্রম নোংথোন অশাই অশম শেলুংহনবা শেলুংবা, চোংফানবা পে খানবা, থাং ফানবা, টা ফানবা, ফৌরুংবা, উরুংবা,

ব্রারুংবা, ইরুংবা, হৈরুংবা, লৈরুংবা, লাইকম লাংবনচিংবা ময়ুম পুম্বগী তাইবংনা থৌগন্না ফম্বাল লাংদুনা লৈরে ।

লাইস্নগীনা লোইনবী - হিরৈমা, লিক্লাপিচা, চংনিংখোম্বী, তম্পাক্লৈমা, অহোংলৈমা, খুঞ্জাওবী, লৈচাওবীনচিংবীনা লুচিংনা ফম্বাল্লে।

লাইরম্লেনগী লাইরেম্বীনা - ঈপী লৈমা, হিয়াং লৈমা, হিকুবী, য়ুশৌ লৈমা, নোংথাং লৈমা, য়াওলৈবী নুমিৎ লৈমা, ঙাশোই লৈমা, চিনবান লৈমা, ইরোং লৈমা, লোক্লাও লৈমা, খাংবা লৈমা, চিংথাংলৈমা, নোঙ্গাং লৈমা, ইচুম লৈমা, লাংজিংলৈমা, চীংঙা লৈমা, হীপোক লৈমা, তমথোং লৈমা, লেমথোং লৈমা, চংনিং লৈমা, নুঙ্গোইবী, কোলোই লৈমা, থুমগোং লৈমা, লেম লৈমা, থারৈমা, ফৌওইবী, থোৎলৈমা, ব্রাতালৈমা, শিল্লৈমা, শিলহৈবী, কোম্লৈবী, খাইবা চনু লৈমা, মোইনু লৈমা, পিথেৎ লৈমা, লাইব্রা লৈমা, লাইশম্বুবী, খাবী নুঙ্গোই চনু, য়াইবী লৈমা, পুকশি খোম্বী, নোংখোংনুপী, খাবী য়াংদে, চিৎনু লৈমা, থম্নু লৈমা, অহুন্নু, অরৈনু, থেলোংবী, তোংখাংনু, শৌবোন লৈমা লাইরৈমা ময়াম্না থৌগন্না ফম্বাল লাংলে।

নোংদালাইবু ময়ুম পিবা ৪না লুচিংনা পুথোবক্লগা থৌগনখিবা লাইশিং - নোংশাবা, চাখাবা, মারহনবা, মার্জিং, পোম্বী লুব্রাংবা, নুংপোকপা, নুংকাং মহারাবা, জিংপৈ নিংথৌ, মহৌ নিংথৌ, ঙতিন ঙাকাম নিংথৌ, ইপুবেন, ইতাওরেন, মকুবেল, থোংঙাক, জীংঙা, থৌব্রা, কৌব্রু, খপ্পাংবা, নাওহন, মুব্রাং নিংথৌ, থাজিং, ইকোপ নিংথৌ, অজাবা, য়াঙ্গোই নিংথৌ, তুবু নিংথৌ, লাইকচেং, ব্রানমুবা, নুংচোংবা, নুংথিল চাইবা, থৌঙাইবা কোংতিংলেন, রমুতোন, খাকপা পুলাং, খ্বাই নুংকেংবা, নোংপোক পাম্থোইবা, পুথিবা, লোইয়ারাকপা, খুম্মু তুংইন্নবা, এরাংবা, ইকোপ নিংথৌ, তেবানবা, ব্রাংব্রেন, ব্রাখা লাকপা, কৈরাও লাকপা, থোংচি লাকপা, অলোইনু, লোক্লিংথৌ, নোংকচেং, ব্রানঙৌবা, নুংকাপ শিংকাপ, লাইয়ামশিং পুন্দুনা চিংখৈ নোংপোক মরু অচিববু ঙাইদুনা লৈনরে ।

চিংখৈ মরু লাক্লবদা কাংজেরোই ১৪ মখুৎশু কাংজে পাইনদুনা লাঙ্গোই তোংদুনা ব্রাহৌ ব্রারোই পুংদা শেম শাদুনা লৈনরে।

পোইনাওতা লাকপদা লোইনরকপনা হাওগা শলাইলেন, তোলেন খোম্বা, মুংমরিংবা, তুমরিংবা, তাওমরিংবা, পামরিংবা, তুম্মরাবা, চকমরিংবা, হাইশোম্বা ৯ না থৌগন্না লেংথোরক্কুনা ফম্বাল্লরে ।

মখা য়ৈবা নোংপোক লেপ্পা

মাই নোংচুপ ওনবা

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১ | পনঙাকপা | - | মার্জিং |
| ২ | পনঙাকচন | - | খপ্পাংবা |
| ৩ | পল্লকচন | - | ইরুপ নিংথৌ |
| ৪ | লাংজৈ | - | ইকোপ নিংথৌ |
| ৫ | পঞ্জেনচল | - | ইরোং নিংথৌ |
| ৬ | পাঞ্জনচল | - | নোংশাবা |
| ৭ | পঞ্জেনবা | - | পাম্হোইবা |

ঔব্রাং য়ৈবা নোংচুপ লেপ্পা

মমাই নোংপোক ওনবা

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১ | পঞ্জেনবা | - | লোইয়ারাকপা |
| ২ | পঞ্জেনচল | - | ওক্লরেল |
| ৩ | পল্লকচল | - | নম্বুল লাকপা |
| ৪ | লাংজৈ | - | য়াঙ্গোই নিংথৌ |
| ৫ | পনঙাকচল | - | খোইরিফাবা |
| ৬ | পনঙাকপা | - | থাংজিং |

পাঞ্জনফম্না হৌখিবদগী শান্নরকপগী ওমখৈগা মান্ননা মখাগী পাঞ্জনফম্না চিংঙা পীশুমদা অদুগা ঔব্রাংগীনা চীংমৈরোং মপাচিংদা ওইদুনা ময়াই কারন্দা চিংখৈ মরুনা হন্ত্রেং হুন্দুনা শান্নবদা ঔব্রাং য়ৈবনা হন্ত্রেং ৫ পাঞ্জল্লে, মখা য়ৈবনা হন্ত্রেং ৪ চল্লে। মতম অশিদা য়ুংথক খাল্লদুনা শান্নরোই পোত্থানরে।

মথং অহুম শুবদা খুইয়োই তোমপোক্কি মতমদা লাংবচক্কি চহি ৩২৬১ নোংদালাই চহি ১৫৩ শকাব্দ ৮২ খৃষ্টাব্দ ১৬০ লমদা থাগী থাংজ অহানবদা লাইরম্লেন্দগী কাংজৈরোই ৭, তাইবংদগী পিবা ৪ গা লৈকাই লাকপা ৩ গা

৭ শাদুনা ব্রাহৌ ব্রারোই পুংদা নুমিৎ য়ুংবা ফাওবা শান্নবদা তাইবংনা পাঞ্জল ৫ থোইদুনা কুমজাগী মীশি মীনাগী উশিন ব্রাশিন ঙাংনদুনা অনৈ চাজ থকমিন্নদুনা নুংঙাইনৈ। অরোইবা থাংজদা হান্না শান্নবদা য়াওহৌদবা লাইরমলেনগী কাংজৈরোই

১ থাংজিং
২ খোইরি ফাবা
৩ ব্রাংব্রেন
৪ য়াঙ্গোই নিংথৌ
৫ নম্বুল্লাকপা
৬ ওক্লরেল
৭ লোইয়ারাকপা

অহানবা থাংজদা শান্নবা য়াওহৌদবা তাইবঙ্গী শান্নরোই

১ ব্রাংখৈলাকপা
২ ব্রাংখৈ নিংঙোল্লাকপা
৩ ব্রাংখৈ পাখং পাখংলাকপা
৪ য়াইখুল্লি লাকপা
৫ য়াইখুল্লি নিংঙোল্লাকপা
৬ য়াইখুল্লি পাখংলাকপা
৭ অঙোম পিবা হঙ্গেল লোংনা থাবা

কাংজৈরোই ১৪ শিনা অয়ুক্তগী শান্নবদা পাঞ্জন ৭ মীনা থোইদুনা লাইনা হনবা ঙমদনা নুমিৎ য়ুংলবা মতমদা পোত্থানদুনা কংলাদা পুশিন্দুনা অনৈ চাজ চামিন থকমিন্নদুনা পোত্থানরে ।

৪শুবদা লাংবচক্কি কুমশিং ৩২৪৫ নোংদালাই চহি ১৩৭ খৃ: ১৪৪ লাংবন থাদ উকাই কাপ্পা হাইদুনা নুমিৎ ১০ পাংথোকই । নুমিৎ খুদিঙ্গী থৌরম মান্নদনা মপুং ফানা থৌপুনৈ ।

নোংমা পানবগা, ২ নি পানবগা লৈবাক অশিদা লৈরিব পুন্নমক্লা মানা মানা হৈজবা খংজবা শানদুনা শেম্মদুনা খুৎশা হৈবা তান্নদুনা পুনরক্লগা ইমাদা কৎনৈ ।

৩ নি পানবদা লমজেন তান্নহল্লি
৪ নি পানবদা মুক্না শান্নে
৫ নি পানবদা খোং কাংজৈ শান্নে
৬ নি পানবদা মানা মানা শুরিবা মশিন অদুদা শাইদাংদুনা শুনদবা, শুরবদি শাইদাংবা অপকমা কৌনা থন্নবা লেপ্পখি মদুগী অথোই অহেনগী পাওশা ।
৭ নি পানবদা টা থেঙ্গৌরোল
৮ নি পানবদা থাঙ্গী কুম্মৈ
৯ নি পানবদা শগোল কাংজৈ শান্নবা
১০ নি পানবদা উচেক্কি চাকথা পীবা

ক্নাক তানবা কৌনা তেনগী কুম্মৈ লমজৈ ৫০/১০০/১৫০/ ২০০/২৫০/৩০০ দা অঙৌবা উরাং য়ুংলগা খুৎ চুম্বা তান্নহন্দুনা মনা মথুম পীবা ।

৫ শুবদা খাগেম্ব হান্তক লা: ৪৭২০ নোং: ১৬২২ শ:১৫৪১ খৃ:১৬১৯ চৈথাব ১৩৬শুবা য়েনখোইবম শবিগী কুমদ পাখং ৭/৭ মিচং ওইনরগা লিচৈ মরু কোনবা ১/১ মম পাইনরগা খোং কাংজৈ শান্নহল্লি।

অশুন্না লৈবাক অশিদা ইহান হান্না শগোল কাংজৈ শান্নবা পুথোকখি হাইবশি মফম খুদিং পাওজেনবা চুম্মি। মীওইবা পোক্লিরৈঙৈদগী লাই ঙাক্তনা শগোল কাংজৈ শান্নবা হৌদোকখ্রে হাইবা তাজবা ১শুং পাজরুবদা খম্নুং ইঙাল লৈশাবা পুয়াবু ঙমখৈ লৈতনা থাগৎচৈ, মশিবু হান্না মখুৎশু ওইরম্বা মাইচৌ ৩৬ পুশু হন্না হন্না নোল্লুকচরি ।



# নিংঙোল চাক্কৌবা

লৈবাক অশিদা চৎনবি লাইরকচন অমা লৈরম্মি মদুদি চনু নিংঙোল অমা নুপা অমগী য়ুমদা লু-হোংদুনা ময়ুম পাল্লবদি মরম চাদনা মপাম য়ুমদা চংদুনা চা-থক্কুনা লৈবা য়ানরমদে। চৎনবি অসিগী ব্রাংমদা কনাগুম্বী নিংঙোল অমত্তা মপাম চংনদে। লুহোংবা মতুং ৬নি চংবা নুমিত্তা চাক্কৌবা অমুক্তং চংঙি, অশিশু লেক চাদুনা লৈবা য়ানদে। মথক্তা লৈখিবা চক অহুম অশিগী মনুংদা য়ুম পাল্লবনা মপামদা চংবগী ব্রা থোইনা লৈনরমদে ।

লাইস্না কংলৈ পিবা নোংদালাই মঙাংলুদা লুব্রাং চনুনা য়ুম পাল্লবনি। মহাক থব্বারেন অমশুং পোইরৈতোনগী মচন নুপীনি। লৈবাক অশিদা লৈবা ঙমদদুনা উমংলাইনা ওৎপদগী তাংবোদা মতম খরা নাথৈদুনা লৈরুবনি। পোইনাওতানা কৌরুরগা কংলৈদা লাকপনি। মৈতৈ ইপা ইপুগী খুবম্নু ঙাকপিনবা কনবিনবা লৈরে তাবদা থব্বারেন্না মচন্নুপী লাইস্নাবু পাখংবদা লুহোংঙি। মবুং অহন থব্বারেন্না নহারুপ হাইনা খংনবা লমদা লৈহল্লি অদুগা পোইরৈতোন্না অহল্লুপ হাইনা খংনবা লমদেংদা লৈহল্লি। পোইরৈতোন্না লৌ ইংখোল কোইদুনা চাবা থকপা ব্রাত্রে হাইবা কংলৈদা তারে। লাংবচক্কি কুমশিং ৩১১৬ নোংদালাই শাথোকপগী চহি ৮ চংলকপদা মচন লাইস্ননা মবুঙ্গী লৌ ইংখোল, হৈকোল লৈকোল য়েংবা লাক্কনি হাইনা পাও খংহল্লি। মচন্না মবুঙ্গী য়ুমদা খোঙ্গুম্লক্কনি তাবদা মবুংনা হরাওদুনা করি থাগী করি নুমিত্তা খোঙ্গুম্বীরক্কনি খংহনবিরকউ হাইনা পাও হংনবদা লাইস্ননা খংহনখি। থা অশিদি মেরা থানি শিরমদাইশু ওইরে হিয়াঙ্গৈগী নিনি পানবা লৈবাকপোকপা মঙানি শুবগী অয়ুক্তা কুম্লক্লগে খংহনগ্রে। মচনগী পাও তাবদা লাক্লগা লৈবদা পোখবদা নুংঙাইনবা শেম শাদুনা থম্মে।

হিয়াঙ্গে নিনি পানবদা লাইমনানা মঙাইরোই ১ হিরৈমা, ২খুঞ্জাওবী, ৩ লিক্লপীচা, ৪ চংনিংখোম্বী, ৫ তম্পাক্লেমা, ৬ অহোং লৈমা, ৭ লৈচাওবী মঙাইরোই ৭ কা লোইননা মবুং য়ুমদা লাক্লে। মচন লাক্লে তাবদা পোইরৈতোন লাইনাওতাবী অনিনা শিন্দুনা চানা থক্লবা শিল্লাংদুনা চামিন থকমিন্নরে। চাবা লোইরগা মবুঙ্গী লৌ পাঙ্গনি হাইদুনা মখুত্তা চাকথাং = থাঙ্গোল অমমম পাইদুনা মঙাইরোই ৭ কা লোইননা লৌবুক্তা লৌপাংবা কুম্মে ।

নুমিৎ ৫নি লৌপাংদুনা লৈরগা ৭নি পানবা নোংমাইজিং নুমিৎকী অয়ুক্তা শুম্বল, শুক্লচিংবা ইকোমদুদা থনম্মগা মঙাইরোই ৭কা লোইননা ফৌ মখল ২গী ময়োমগা পুদুনা কংলৈদা হল্লক্লে।

মথঙ্গী চহি নোংদালাইগী চহি ৯ চংলকপদা হান্নগীগুম্না মবুঙ্গী লৌপাংবা লাক্কনি হাইবা পাওবু পীরকপদগী পোইরৈতোন্না কংলৈদা লাক্লুনা নোংদলাইগা উনরৈ । মচন্না লৌ পাংবা লাক্কনি তাবদা শেল্লৌবেন্দা করিগুম্বা ব্রাফম অমতা নীংশিংজগে লাকচবনি। মবাইবু তাকপীয়ু করি করম্বা ব্রাফমনিনা চিংনবা লৈতনা তাকপীয়ু নোংদা লাইগী ব্রা তারবদা পোইরৈতোন্না অশুম্না হাই। ইচন্না কুমজাগী থৌঙম ওইনা চহি খুদিঙ্গী লৌপাংবা লাকপশে লৈবাক্কি ওইনা হিয়াঙ্গৈগী নিনি পানবা অশিদা লুহোংখ্রবা নিংঙোলশিংবু মবুং মপ্পাগা পুন্না চাক চামিন্নদুনা নুংঙাইবা, ইচে ইচনশিঙ্গীদমক্তা কুমজা খুদিঙ্গী নুমিৎ শিমতং নোংদম্বীও। তাকপিরিবা মবাইগী ব্রাফমদো য়াম্না ফজবা ব্রানি। লৌউবা মবাইগী ইচন্না চত্তুনা চামিন্নবগা লৌউদবা কনাগুম্বগী মচে মচন্দি চামিন্নবা ফংদবা তারে। মবাইনা লৈবাক্কি ওইনা কাইদনবা হিয়াঙ্গৈ থাগী নিনি পানবা ইচন্না লৌপাংবা চৎপবু মবুং মপ্পা পুম্বগা হরাও তয়াম্না চামিন থকমিন্নবা নুমিৎ হাইনা লেপ্পরশি হাইনা য়ানরে। থা অদুগী মেরা থাগী ১২ নি পানবদা পোইনাওতাশু নোংদালাই উনবা কংলৈদা চংলকই ।

পোইনাওতা লাই শিদবনা কংলৈদা নোংদা লাই উনবা লাকই তাবদা লৈরিবা তাইবং পুম্ববু মানা মানা শুজ নোমজবদা ফংবা পোৎপু পুনরক্লুনা কংলৈদা নোংদা লাইগী মফমদা কৎনরে। লাইম্লনা মবুঙ্গী মফমদগী পুরকপা ফৌ ময়োমশিংদো ফৌগী মমিং হংনরে। ময়োম অমগী ফৌনা কুমবি ফৌ, ময়োম অমগী ফৌনা ফৌরেন, ময়োম অমনা মোইরাংফৌ, ময়োম অমগী

ফৌনা শংশংবা, ময়োম অমগী ফৌনা ফৌরেন অমুবী ফৌ মখল ৫শিগী মমিং থোল্লে।

অদুগা মবাই থৱারেন্না হৱাই চেংৱাই মনা মশিং পুরকই। অরোঙ্গী কাংবুনা শল ইরোইগী শঙ্গোম পুরকই। খাবা ফান্দোংবগী কাংবুনা চুহি, চুহিং পুবকই। খাবিগী কাংবুনা চফু উয়ান তেংকোৎ খুজাই ইশাই পুন্নচিংবা পুনরক্কুনা পোইনাওতাগী মফমদা চেং হৈদুনা কৎলে। লাংবচক্কি কুমশিং ৩১১৯ নোংদালাইগী চহি ১১ চংবা হিয়াঙ্গৈ ২নি পানবদা পোইরৈতোন্না মচন লাইস্নাবু চাককৌদুনা লৌ পাংবা লাকপদগী চামিন থকমিন্নখিবা থৌরম্ব হৌ লম্মহনবা কংলৈ পুংমাইয়োনগী লৈবাক্কি চৎলম ওইনা থৌপুনরে চৎনরে। লুপশু খাইরে মদুদি থৱারেনগী লুপ্পু নহারুপ, পোইরৈতোনগী লুপ্পু অহল্লুপ, তাইমজাম্বা, খোংলেশঙ্গী লুপ্পা খাবম লুপ, লাইগী লুপ্পা লাইরুপ কৌনা থম্বা হৌখি।

নোংদালাই চহি ১১ খৃ: ১৮গী হিয়াঙ্গৈ ২নি পানব নুমিত্তগী মৈতৈ লৈবাক অসিগী মচা নিংঙোলশিংবু চাক কৌদুনা মবুং মপ্পা কয়াগা চামিন থকমিন্নদুনা লৈবাক অশিগী নিংঙোল চাক-কৌবা কৌন চৎনবি ওইনা থমখি।।



# পানা খাইব

## খাই পনশা
## খাই পুংলেন কৌখিবা

তরং  লৈম্না লৈতোনশিনা লৈবাক অশিগীদমক থম্বীগে নীংদুনা মকোক তোক্লেন্দা লৈবা হিয়াইবু লৌথোক্লগা নিংশা থিঙ্গাম কামদুনা নোংথৌ অহাংবদা পাইরক্তুনা লৈরম্বদগী মালেমদা তাদুনা লৈরে। লৈরম্বা লাই তাইবং পুম্বনা পনশানা কোইনা য়েংনববু খুইয়োই তোম্বনা তারদুনা নোংদম মরু মরিবদা হংজবদা লৈবাক্কি  ওইবা মফম্মু খংনা থম্বীগে নীংদুনা নবুদ্ধৌনা শাথোকপী মান্নে হাইদুনা লাংবচক্কি কুমশিং ৩২৫৭ নোংদালাই চহি ১৪৯ শজিভু ৩নি পানবা লৈবাকপোকপা নুমিত্তা অঙৌবা থাগী মচুনা চমজনা নোংথৌদা ঙান্দুনা লৈরে। মঙান মতুম অদুবু লাই, তাইবংনা পন শানা কোইনা য়েংনরে। মতম অদুদা খুইয়োই তোম্বনা মরুবু পুদুনা লাক্লে ।

মরুনা তাইরে - হয়ম খ্বাই য়াইমা লুমেন তোংবা মরুদি পাখংবনা তোংঙে মমিংবু (মুবা কৌয়াই তোম্বা) কৌএ। ইমালোন তরেৎমক্লা ম্না ফিবান ওইরি হাইবগী মমিংবু (লিকপা কৌয়াই থংবা) কৌই । কৌব্রু অচিবগী ফম্বাল মেনফম্লি, পাখংবগী মেনফম অমনি; লৈবাক শেম্বগী লাইবুংথৌ ১৪না ঙাক্লিবা লৈফম্লি। লৈবাকপু য়াইফংবা নিংথৌবু পুন্সিবা কুবিও নমিংবু শ্যাও কৌবা নংনা। হেক তাইবদা অমুক পাইখ্রে।

## খুরাই

মফম অমদা তাদুনা লৈবম্বা মীনা মালেমদগী লৌখত্তুনা মখুৎ মখুৎনা পাইদুনা লাম্ছোক লানশিন্নদুনা, করিনো করিনো হাইনদুনা লৈনখরে। মতম অদুদা মরুগা মৈতেঙুগা থুংলদুনা নখোইনা নখুৎনা পাইদুনা য়েংনরম্বা মফম্নি খংনবা (খুৎলাই খুৎদোন পান মনিনোং অচম্বী) কৌই। মফম অসি নোংপোক মরু অচিবগী মেনফম্নি, মেনবু তোংবদি পাখংবনা তোংই। ঙাকপদি মার্জিংগী লাইবুংথৌ ২০গা মার্জিঙ্গ ঙাক্লিবা মফম্নি।

**তাইবদি** - ( হে খুৎলাই খুত্তোনপান পল্লান্দবী ও) নংনা কুবি নোংদম্বীদুনা লৈচাওনা খুঞ্জাওনা লৈবাক নিংথৌ পুন্সিবা পিনৌও। হেক তাইবগা তাইবং মখুত্তগী নাম্ছোক্কুনা পাইখ্রে।

## ব্রাংখৈ

য়াইনা নোংথৌদা ঙান্না শানা চপ লেপ্তুনা শজিক থবানা থোকপগুম লৈরে। তাইবং ময়াম নোংথৌ তম্না য়েংনরিঙৈদা মৈতেঙুগা মরুগা থুংলবে। মরুনা ঙমখৈ লৈতনা ব্রাংনা লৈঙম্মি হাইদুনা মফমদুবু (ব্রাংখৈ ব্রাইরোক) কৌনা লৈপাইনরে।

**তাইনবা**- ব্রাংখৈ কৌবা মেন্দি মমিং (ঙাকপা পাউচি হোংনিপা) কৌএ। তোংবদি পাখংবনা তোংবনি) ব্রাংব্রেনগী ফম্বাল মেনফম্নি লাইবুংথৌ ২০না ঙাকশেল্লি মরুগী চুক্লেন মখোং অমনি লৈবাকপু খুঞ্জাও লৈচাওনবা লৈবাক নিংথৌ পুন্সিববু কুবিও।

## য়াইস্কুল

তাইবা হেক লোইবগা নোংথৌদগী অরংবা অদু তারক্তুনা য়ুম্নবা কৌবা নিপা অমনা শন ওকপা থোরকপদা থেংনদুনা ফি মরোন ৭না য়োমদুনা ময়ুমদা থমজিনখ্রে। থৌরম অদু উরদুনা হয়েং লোইরো হাইরমাল্লে খন্দুনা অশাই অশম লোইনমক হন্নরক্লে অহিং পোখনরবা মতমদা তরং লৈস্না লৈতোন শিনা মাগী মহামনিকমা কৌবা হিয়াইবু থিরকপদা "হাই য়ুম্নবা

নঙ্গীদমক পীবা হিয়াই নত্তে লৈবাক্কিনি অদুবু নংনা অহিং অশিমদি মথমজরো লমদম অশিগী ময়ুম য়ুমফম অশিদা লৈবা তাইবং নখোইশে অচা অথক ব্রাত্তবা ওইজৌ অদুগা নপুক শেংলবদি লৈবাক অশিগী পিবাগা য়ুমদিন্নবা ফংজৌ নতিক নঙম শামদবা ওইয়ু অচান মীরাই নাইনা থৌগন থৌপুনরবদি নঙম শামবা তানফংনৌ নপুক নরিন চুম্মু। য়াই অদু মফম অশোমগী তাইবংনা উদ্রিবনি। নংনা ফংঙকপা পুরকপা মফম অদুদা থম্মুচো নত্রবদি য়াইদা নত্তনা নশা ফাওবা মাংহনগনি খংজৌ" তাকপীরে। য়ুম্নবনা মওন মওন খল্লগা তৌফম ফংদ্রদুনা মানা পুবকপা ফংঙকপা মফম পাৎয়াদা নোং হেক ঙালবগা চত্তুনা থম্মুরে অদুগা কংলৈদা চংলগা পাওদম্লুরে। পাও তাবগা মরুশু মৈতৈঙুগা লোইননা লাকপদা পাৎযাদা তাইবং মযাম য়েংনদুনা লৈরম্মি। মরুনা ফিবোল ৭না যোমদুনা থম্মুরবা য়াইনিনা মফম অশিবু য়াইখুল্লি মিংহুনশি মেরুবনা লেশাও হিংনপফা হাইবশি" হেক হাইবদা য়াই অদু মাংখ্রে। মরুনা অমুক হাই তাইবংশা ঙসিদি ৪নি পাল্লে ঈখুদেংশু তাই হয়েং ৫নি পানবা শাগোলশেল নুমিত্তা কুমদুনা লৈপাইনরশে

তাইনবা :- য়াইখুল্লি ম্রেনবু তোংবদি পাখংবনা তোংঙে মেরুবদি পিজাতি মোইমিৎ কাওলাংয়েন লৈহুল্লে। মফম অসি থাংজিংনঙ্গী ফম্বাল মেনফম্নি নঙ্গী লাইবুংথৌ ১৭না ঙাক্লিবা মফম্নি। লৈবাক নিংথৌবু কুবিয়ু মালেম লৈমাই তুববু কং কৌই, কোরৌ নোংথৌ তুববু কোং কৌই লৈকাই ৪গী ফাংখোংবু হিস্না মনিক তপশেংবা কৌই, লাইস্না নঙ্গী নমিংদি অচিবী অচিবা লৈহুল্লবনি লৈবাকপু ঙাকপীও। মৈতৈঙু মেনফম ৪শে অমা কাইবদা লৈবাক মাংঙে পাংখংবগী খোং ২খুৎ ২নি খংঙু।

**খঙ্গদবা :-**

১ **খ্বাই—**

কৌব্রুগী মেনফম্নি ঙাকপনা লাইবুংথৌ ১৪না ঙাক্লি তোংবদি পাখংবনা তোংঙি।

২ **খুরাই —**

মেনফমদুবু (খুৎলাই খুত্তোনপান মনিনোং অচম্বী) কৌই। মেনফমদি মার্জিঙ্গী মেনফম্লি ঙাকপনা লাইবুংথৌ ২০না ঙাক্লি, তোংবদি পাখংবনা তোংই।

৩ **ব্রাংখৈ —**

মফমদুবু ব্রাংখৈ ব্রাইরোক কৌই। মেনফমদি ব্রাংব্রেনগীনি ঙাকপনা লাইবুংথৌ ২০না ঙাক্লি তোংবদি পাখংবনা তোংই।

৪ **য়াইস্কুল —**

মফমদুবু পিজাতি মোইমিৎ কাওলাংয়েন কৌই। মেনফমদি থাংজিংনি ঙাকপনা লাইবুংথৌ ১৭না ঙাক্লি, তোংবদি পাখংবনা তোংঙি।



# ৱাহৌদোক

থৌরম অসি মানা মানা লৈনরিবা লম, খুল, লৈকাই অদুগী মনুং মতম চাদনা মীশি মীনা থোকহনগনু, অনা অয়েক পীরক্কনু নোংমৈ শিংজং থাদরক্কুন অৱা অনা পীগনু চাকহোং, ঙাহোং, ফিহোংনা, চাদ-নাওদানা, হৈয হৈয লত্তনা পাঞ্জববু পীবিয়ু হাইনা চহি অমগী মরু মরাং তানবা শমপোৎ খোইদুনা মহৈ মরোং হুন্নবা ইঙা, ইঙেনগী লোন্নবা অশিদা মাগী মাগী লৈকাইগী লমদাইনৈ।

থৌবম অশি লৈবাক্কি ওইনা কংলাদা চহিগী ওইনা অনিরক তৌফম থোকই। লনাইগী ওইনা য়ুম য়মদা মচিঞ্জাক পীদুনা তাইগনি য়ুমদা তাইবদদি কফুৎ শাবোই। চেং খুৎলাক ৯, য়েঞ্জাং মখল ৯, মদুগী মথক্ত য়েরুম ১ ঙল্লবদি ঙানু মকুম্না পাম্বা হেল্লি। থুম, মোরোক, মরোই, ৯ শুহনগদবনি। চাক্লুক্লা ২৪ শুহনগনি। মবম অশি লৈবাক অশিগী অখং অহৈ মৰ্কশিংনা থম্বীবম্বা লিবিরশ্বা ৱারিদগী কান্নগদ্রা খঞ্জদুনা ইদুনা থমজহৌবনি। মথংদ (মীওইবগী থৌরমদ চেকশিনগব, শবোই খাংব, পিবা হাপ্পা লমতাইবা থৌবম ৪শি তঙাইফদবা তৌদবা য়াদবা লাকই। থৌরমশিং অশিবু ঐখোইনা কৰি কৰি তৌফম থোকপগে, শরোই খাংবনা করিনো করম তৌগনি অদুগা পিবা শিনবা নত্রগা পিবা হাপ্পদা করি করি তৌফম থোকপগে হাইবগী মরমদা খুৎলোইনবা খিত্তং উৎচবনি চিত্থ নাম্থু পুম্নমক তাকপিয়ু।

অইবা

এল: মংলেম মৈতৈ

মেকোলা

# লমদাইবদা চঙ্গদবা

১ তুম্নৌনা কফুৎ অহুম শাগনি।
কফুৎ ১না পয়া ৯, ৮, ৭ পুনগনি।

২ খুরুমগদবা মাইবগী য়েত্তা পয়া ৯ পুনবা কফুৎ অদু থমগনি। ওইদা ৭ পুনবা কফুৎ অদু থমগনি, মাংদনা ৮ পুনবা কফুৎ অদু থমগনি।

৩ পুল্লিবা পয়া খুদিঙ্গী মপাদা পুকয়ু ব্রাইয়ু য়েংদৌ উতোং অমমম পুকয়ু হাপ্তুনা থমগনি।

৪ মচন ৭/৯ দগী তাদনা শিংজু শুরগা খরা খরা হাপকনি।

৫ কবোক অথুম অহাও মরম শুনা খরা খরা হাপকনি।

৬ মৈরা ২৪, ব্রাখৈশেন ২৪ হাপকনি, মেক্রুক য়াওগনি।

৭ মফম অদু ময়ুং নাইনা ফজনা ফান্দোক্তুনা নহাইদুনা শেংদোক্কনি।

৮ তাইফম অদুনা লৈকাই খুন্দুগী লৈরিবা মাইগৈগী মতুং ইন্না মাইবনা মাই ওন্দুনা খুরুমগনি।

৯ ময়াইদা লরাক ৩/৫/৭/৯ থাগনি, খাইরুবা, পুনরকপা পোৎ পুম্নমক লা মথক্তা থমগনি।

১০ উশিন পীনবা ঙমু অচংবা ১।

১১ কোনয়াই হুন্নবা সনা, লুপা পু ১।

১২ চাক থোংনবা চফু ১, উয়ান ১ খাবৈ, চেগপ, য়োৎশবী।

১৩ য়েঙ্খাং থোংনবা মরম ৯, ঙানু মরুম ১, চাক য়েঙ্গাংগী লুক ২৪।

১৪ লাপুন ৩/৫, লফাং চং থোকপা ৪, শিতাবা ৩/৪ (মচা ২৪ ফংনবা শেত্তুনা ১/১ মম হাপকনি)

১৫ লমদুবু কোনবা লাই অদু তুবিনা কোনবা ওইরবদি মাগীদমক খয়োম অমা পীদুনা তাইবদ য়াওগনি।

১৬ খয়োম য়াওগে হাইরবদি হান্না শেমদুনা ময়াইদা থমগনি, উশিনগী ঙাদুশু থমগনি।

১৭ ময়ামগীদি মফম চাবা অমদা চাবা য়ানা থোঙ্গনি অদুগা লাইগী চমাই য়েংনবা চবান ফু থোংবদি খুরুম্মিব মাইগৈ অদুগী ওইদা, য়াদ্রবদি মফম অমা য়েংদুনা থোঙ্গনি।

১৮ নুমিৎ অদুদা লমদাইগনি হাইদুনা লৈকাই খুন পাওঞ্জেনগনি নুমিৎ অদু তাইবা লোইদ্রিফাওবদি শিনশু শিল্লংবা লেপকনি। ইরমদা শিনশুশিন্দাং লবশু তাইবগী মতমদুদি থবক লেপকনি।

১৯ ঈশিং, শিং, য়েন লমদাইদ্রিঙৈদা শোকশিন্দুনা থমজিল হৌগনি।

২০ লোইরগা চাকথোং চফু অদু কোম অমা তৌরগা ফুমগনি থুগাইগনি, খাবৈদুনা কোম মনুংদা যৈশিন্দুনা থিংলমগনি।

২১ তাইবেন মনা মশা অমা, ঈশিং খবা (নাহাইনবা)।

২২ মাইগৈ ৪গী লফাং চং ৪, কবোক অথুম অহাও মৈরা ৱাখৈশেল কফুৎ থারিবগী মনুংদা থাগনি, লফোইদু উপ্পা মযাইদা কৎকনি হান্না নহাইগনি।

## লাইশোল

**ঔৱাং লোমদ :**- লৈরোল নোংলোন ৯দগী ফত্তবা অযেৎ লাইবু কুন্নকনি হাইদুনা লাইচিংলেন কৌবনা লাইকিংলেন কিংনাইবা কৌনা ঙাক্লিদো অমম্বা মরোল ৯দগী ফত্তবা লাক্কনি হাইদুনা মাজিঙ্গী শাবোই ২০না ঙাকপিও।।

**নোংপোক্তা :**- নোংলোন ৯ মক্তগী কুমথি কুমগাংবা, মৈবি শঙাইশেন, অখাক অরাও লাক্কনি হাইদুনা লৈফুরেল কিনাইবা কৌনা ফম্বীরিবা কৌব্রুগী শারোই ১৪না ফত্তবা লাক্কদবা পুম্ববু ঙাকপীও।

**নোংচুপ্পা :**- নুমিৎ ৭নি থা ১২ লৈহাং লৈথিংবা নোংলোন ৯ মক্তগী ফত্তবা লাক্কনি হাইদুনা পেংবি শানোই কৌনা থৌঙাইবনা থোংশংবিরিবা নফম্লাংদা অথুম অহাও খরদংবু কৎচরি থাংজিঙ্গী শারোই ১৭ মক্লশু কুবিও।

**খাদা :-** নোংখোংবদা মতিন মকাংবু থোরক্কনি হাইদুনা নোংফুরেন কিং খিং কিংনাইবা কৌনা ফম্বিরিবা মাইয়োকথাবু লাংজরি, ব্রাংব্রেনগী শারোই ২০ নশু কুবিও।

**নহাইরোন :-** উংহৈ (৩) কেগ য়াইগ মোংগ য়াইগ থৌরি থৌদিল্লাং থৌরি থাব পোংথৌ তম্নীএ থাব মাবু লান্নংদে, নুমিৎ পোংথৌ তম্মিএ নমিৎ মাবু লান্নংদে, য়ব্রা কোঙ্গাং শাগী মথং কুমজ ফালম থৌরগে থাজ ফালম থৌরগে পান্নরে শেংনরে হাউং হায়েং।

থৌবিতেং লোইবিতেং চেংলৈ ঙাই চরোইনা খোংদৌঙৈ হুইথৌনা চিনফেংঙৈ হুইজিল হুইয়া থৌবনা য়াথোকঙৈ পুলৈরোম্বনা মরোন মরিন থোক্তনা অঙক অঙাও চুদুনা পুংফাইননা লৈরবদা তাইরেন নারোংববু লুব্রাং অমাইবনা লাইজ খিকপেং চাইরবদা পুরৈরোম্বা মরোন মরিন থোকএ মিনম্বা থানম্বা লৈরনু পান্নরে শেংনরে হাউং হায়েং॥

**শয়াংলোন :-** হুয়ম হুয়াহে নহান্নোং ময়ুম লুরেললোক, লুরেল খুম্বীলোক, মান্তক থয়াইলোক, চিঙ্গোই পাওরল্লি মরি ইথৈখোং অচম্বা, লেম্লৈ কাপ্পা হাথবা পোম্বী নাওথেমচিং, থৌদু নুংশুম চিং, লাইনুরা ৭না হুন্নগা লাইবুংথৌ ৯ না ওক্লৌবা চিং, লাইবুংথৌ ৯না হুন্নগা লাইনুরা ৭না য়ারৌবা চিং, নুরা ফিবুল ঙাইরোই চিংদগী হৌমিন্নরক্লবা চিংঙু ইবুংঙো খোয়ুম লাইমিংথোই, খোয়ুম য়াইবী য়েলহৌঙৈগী য়েলহৌ মচিনঙৈদগী অমম লৈশা হৌরকপা; য়াইবি ওমথি হুমমোইনা খেরে নুংগুম তগুপহৌ, ফোইদিং নোংথাং তরংলেন, তরং লাইজ ইপোকপা, লাইমিংথোই নুংনাং চরাইরোই অহেনবা, কোরৌ কাপ্লিবা, ব্রাংবন কুবিবা, ব্রাংবনিংথৌ পাঞ্জুম্বা, হুপ্লাং মপান থা, চারি মউলিংনা, মীশেম্বোং কাইবি অহুম্মকপু নুংগুম পরিং লাংশমথা, উকা মাইথোং য়ান্না মালেম লৈশেম লৈহৌরকপা, চিংঙু ইবুংঙো নোংদম ইপা ইপুরেন, উংলৌ য়াইবিরেন শিদবা নোংদম্বা তেংবানবশিবু শাদম্বীদুনা অমম্বা মশকপু ঙালহল্লিবা শেম্বীবগী মশেমথোক্লা কুবিবগী মকুথোক্লা কোরৌ ঙসিদগী নৌহৌননা কোনজনবগী মকোম্থোক্লা কোনবিত্ত। নথানুংদা কোঞ্জন্না থম্বীও, ইংসো হেরিলে হেরিলে -ও হেরিলা ও হেরিলা॥

## পুংখল্বা য়ুমকোক্লোন

হুঁ হুঁ কেং য়োইগ মেনগ য়াইগ থৌকেং থৌবু লাংবু থৌদিল্লাংবু থৌকে থবা পোংথৌ তম্মিএ থবা মাবু লান্নংদে, নুমিৎ পোংথৌ তম্মিএ নুমিৎ মাবু লান্নংদে, য়ব্রা কোঙ্গাং শাগী পোংথৌ মথংলেনগী কুমজা ফালম থৌগে, থাজ ফালম থৌগে ঙাল্লরে তেররে, নহান্নোং ককশানোং ইশা নোঙ্গী ইথিন নোঙ্গী খোংদৌ নোঙ্গী তুদেং নোঙ্গী কাইরা নোঙ্গী তেক্লা নোঙ্গী নমল নোঙ্গীবু থবা পোংথৌ তম্মিএ থবা মাবু লান্নংদে, নুমিৎ পোংথৌ তম্মিএ নুমিৎ মাবু লান্নংদে, য়ুমশানা লমশানা তোকপনা কাম্বনা পিশিন নাওশংনা য়ুম্বীদা কৈখোংদা নারিন্দা উরাদা হুম্বুদা পরেদা হোংলাদা, চানাদা ইরুদা কাইর নোঙ্গী তেক্ল নোঙ্গী নমল নোঙ্গী থবা পোংথৌ তম্মিএ থবা মাবু লান্নংদে, নুমিৎ পোংথৌ তম্মিএ নুমিৎ মাবু লান্নংদে, ঙানুনা খুনুনা কাইরৈমা য়েনচানা তেকপী ওকচানা কাওরেন লমশন চানা য়ুম্বী কৈখোং পাইরিঙৈদা পরিং লাংশং হুনঙৈদা তংলা নোঙ্গী কাইর নোঙ্গী, নাকথা পোনয়া ফমদা তংলা নোঙ্গী তেক্লা নোঙ্গী কাইর নোংগিবু থবা পোংথৌ তম্মিএ থবা মাবু লান্নংদে, নুমিৎ পোংথৌ তম্মিএ নুমিৎ মাবু লান্নংদে। য়ব্রা কোঙ্গাং শাগী পোংথৌ মথংলেনগী চাকেং কুমজা পাল্লো থাজ পাল্লো নহান্নোং পোং খুৎ কাই শগাইবনা খুজেং পালোই পাইঙৈদা খুৎকাই শগাইবনা খুজিং শাজিং নুঙ্গীবু তেক্লা নোঙ্গী নমল নোঙ্গীবু থবা পোংথৌ তম্মিএ থবা মাবু লান্নংদে, নুমিৎ পোংথৌ তম্মিএ নুমিৎ মাবু লান্নংদে, কুমজা ফালম থৌগে থাজ ফালম থৌগে হা হা হা হুঁম হুঁম হৈ পান্নরশে শেংনরশে হা হা হা হুঁম পালহৌরো লৈহৌরো তেংবানবা মপুগী য়াথংনি।

## কুমহৌরোল

হয়ম কুম কুম কুমসনা কুমলিক্লাই ঔব্রাং চীংদা লান্দ কুম্মোই তিনবা কুম, কুম পোকপীনা পোকপীহল, তাইরোংনা তাইরোং হঙ্গেল কেল য়াঙ্গোই নিংঙোলবী লাংলেন মচৈশুনা ফৈনা ওনবা মকুমশা, খোইমা নারোন্নুংদা লাংজেং তোঙ্গ ফানা কাওরেল শন খোঙ্গুন্দা মিৎয়েংবিনা মিৎয়েং হৌবা কুম, হুইরেন্না পুংলেম্ছোক থরোইনা নুঙ্গাই শানা হৌবা কুম কুম্বী মনুং ওইদেএ,

হৈক্রক্লা নারেং থাংনা হৌবা কুমশু কুম্বী মনুং ওইদেএ, থাংজিংনা কেবাক থোক্লা হৌবা কুমশু কুম্বী মনুং ওইদেএ, লফু লানা লাতিং ফানা হৈফাং ফানা হৌবা কুমশু কুম্বী মনুং ওইদেএ, কুম নোংদম তম্লগে শি নোংমৈনে পাই নোংমৈনে করি হেন্নে করা হেন্নে কশা ব্রালোং খোমা ব্রালোং কশা তিলু ও কশা মাংদা চৎপা য়াব্রা কোঙ্গাং লাই, থিকতৌ থাদৌলাই, লাই মরম ১৭ মক নহান মখৈ অব্রা হুইশোই লাংনা লৈরম্বদো ঙসিদগী অনৌবা পুন্সি অমা হৌরবনি অফবা নুংঙাইবা পিনবিরো পান্নরশে শেৎনরশে কুবি হৈবনা কোরৌ ঙসিদগী নোংদম্বীরো হয়ম হয়ম ।

## কোনয়াই হন্দুনা চাংয়েঙ্গনি

হৌ (লম মমিংবু) লম্মহল্লো লমলেম্বু অনি থোকও লৈমুরোন লোন ৫ মক অপোক চনু তমপাক লৈশুক লৈশোই য়াম্বীও ঐবু শিজবা মালেম লৈম্না অঙাংবনা মালেম লৈগা তাই, কোরৌ নোংলুম অপানবনা কোরৌ নোঙ্গ তাই, কোরৌ নঙ্গী নমিংদি কাং কৌই, মালেম নঙ্গী নমিংদি কুং কৌই, হৌ ফবিও ।

***খঙ্গদবা :-*** সনানা মাং, লুপানা তুং ইল্লবদি য়াইফরে খংঙো ।

## ঙমুদা উশিন তৌবা

হান্না ঙমুগী ময়াদা চেং অঙাংবা ১, অঙৌবা অমা উমহনগনি। মাবু থাদোকপদা শিরোইদবা ঈশিং লৈবা মফমদা থাদোকপীনি।

***লাইব্রা :-*** *হে ঙমু নং পাখংবনা পুথোক্লুনা অতিয়াদা পিবনিদো অতিয়ানা মখোং মখুৎ পান্দে অশিনদি নমু তাইবং ওইবা য়ারোই নয়াম্বনা শেম্মক্কদবা নমু তাইবঙ্গী মচা মশুনা লৈরিক লৈরাক থল্লবা মতমদা অব্রা লৈখম তানফংলবা মতমদা তাইবঙ্গী মহুৎ মরেং শিন্নবা লাইজ ইরোন্নুংদা লৈরুরো হাইদুনা নংবু থাদোকখিবনিদো লৈকাই খুনশিগী মনুং মতম চাদনা মীশি মীনা থোক্কদববু নংনা মহুৎশিন্না পুখ্রো নংনা নরুম নহা কোক্লুনা পাল্লবা মতমদা নংশু অব্রা অনা কোক্লুনা ননিংনখা তম্না পাল্লুরো ঐখোইবুশু অব্রা অনা লৈহল্লনু ।*

অসি হাইদুনা ঙমুদো ঈশিংদ চৎহনখিনি ।

## চফু চমাই য়েক্ষনি

১ ময়াই তোংবা থমচেৎ মমাই শাবা ফৈ ।

২ থমচেৎকি মরু লৌথোকখিবগী মওংদা মখুল মখুল হোদুনা লৈবা ফত্তে ।

৩ নাকন অমা চেপথবা, চেপথবা মাইগৈদো পাংদে ।

৪ মপান্দা চগ্রিং পকপা ফত্তে।

৫ তোংখৎপা মাইগৈ অদুনা ফৈ খংনৈ।

৬ চাক্তা মচু তৈবা, অতোপ্পা পোৎ অমা য়াওরম্বা পাংদে।

৭ চেং মরু অমা য়ুংনা ২ / ৩ য়াওরবদি মাইগৈদুদা ফৈ হাইনা খংনগনি।

৮ চফু চমাইদা লিল্লম নাইনা লিক্লম লৈরবদি ফত্তে ।

**খঙ্গদবা :-** লম তাইব লৈবাকশিগী খুলগী লৈকাইগী কংলৈগী মফম ১দা লমদাইব তৌনৈ । লমদাইববু কুরাক লমদাইব হাইনশু কৌনৈ। মশিগী মরমদি লৈবাক অশিদ লৈরিব শরোই হাইনা খংনরিবশিংশিগী মনুংদা ঙাংনব তাইবংবু হাৎকনি হাইন লৈব শরোই অমা য়াওই। মহাক্কী চৎলম অশি খাংব ঙমদবদগী মাবু ব্রারক্লব হোৎনবদ মোইরাংদগী চেনখ্রগ খুমন্দ লৈখ্রে। মাবু তান্নরগ চেনব ঙমদনবা মখোংদ কুরাও হং চন্দুনা থমখি। মরম অশিদগী শরোই ময়াম্ন মীদ য়েৎপা মতম চাদনা শিব নাব থোকহনগনু হাইবগী তাইবংনা কুরাক লমদাইব হাইনা খংনখি ।



# য়াঙ্গোল শঙ য়াওং শঙ শাব

১ য়াওংশং শাবদ ইহ্ম য়াওনা শাব তারবদি মখোইনা অদুম শাংনা লৈব য়ানব শারগদবনি।

২ য়াওংশং অদু নুমিৎ য়েংন ইহ্ম লেপকনি চাদ নাওদাব পুংলুপ শোইদনবা হোৎনগদবনি।

৩ মচা অদুদি তালোই য়ুমদমদ্রিবনিনা মাগী মিংদা ইহ্ম লেপলোই। মথক্কি মপা, ময়াম্ব মপুনচিংবা ইহম লেপ্পা য়াব মী থিবগা মাগী মিংদ ইহ্ম লেপকদবনি।

৪ লুহোংবা মমাংদা শাবনিনা নুমিৎ থা য়েংদুনা অচংবা থব্বানমিচাক অফবা য়েংনা লাইনা লম্বী লমজাওদা লৈবদ শঙ্গাবগী থৌরম পাংথোক্কনি।

৫ শঙ্গাব নুমিৎ অদুদা লৈফম, খুদা, মাইয়োকথা লাঙ্গনি।

৬ ইহ্ম লেপখিব অহন নিপা অদুনা নুমিৎ ৫ নিদি অনৌবা য়ুম অদুদা লেক চাদুনা লৈগদবনি ।

৭ তুম্বা হিপ্পা মতমদা শং অদুগী ফমমেন কাদা হিপকনি তুমগনি। লুহোংবা নুমিত্তুদা ফম শিন্নগনি।

৮ য়ারিমখৈ লোইরক অহাংবদ কাঞ্চি মপা চাদন ফুঙ্গ, লাইরু, লৈমরেল থমগদবনি (ওইগদবনি) ।

৯ ময়াম্বা মপা অদুনা ইহ্ম লেপ্প য়াদবা চহি মতাং ওইরবদি শাগৈগী ইপা ইতোন অমনা লেপ্পীব য়াই ।

১০ মাশু লেকপা চাবা ঙম্মোইদবা ওইরবদি মোংব য়ুমহৌ হাইদুনা লাইনিংথৌদা থৌগল ওইনা অপোক অশা অদো য়াওংশং অদুদা লাইনিংথৌদা কৎকনি।

১১ নুমিৎ অদুদগী তালোই অদুনা চিংঙু ৫ গী থৌগন লাংলনি ।

১২ লৈয়াব (বর)না লুহোংবা নুপী লৌব চংলমদাইদা শোনবগী থৌরম অমা পাংথোকপিগনি। মশিমক্তি হান্না লাইমিং লৌব মতমদা খংব্রগদব ঙাক্তনি। কাওখিববু নিংশিংব ওইনা পুক্লিং ইরু মাইতাবিবগী ৱানি। লৈয়াব নিপা অদুদি য়ুমশাগী মতুং ইন্ন শুমাংলোমদা মাইওন্দুনা ফমগনি । মশিদি হোংবা য়াদ্রবা ৱানি। শোনগদৌরিবা তাক্কতৌরিবা মহাক অদুদি ওন্নিংবা মাইগৌদা ওনবা য়াদে, য়ারিবমখৈ ঔৱাং নংত্রগা মমাং ওন্না ফমগনি।

১৩ লাই খুরুম্বা খুদিংমক খুরুমগদব মী মহাক অদুগী ওইদা হৈরুক, য়েত্তা পানা থমগনি মশি লাইরমলেনগী চংনবি অমনি।

১৪ খুরুমগদব মহাক অদুগা ইরাংফু য়াওনা খুরুম্বা তারবদা ২ দুগী মরক্তা হৈরুক পানা থাগনি

১৫ ইরাংফুগী ৱাংমদা লাই অমা থমবা তারবদি (লৈরবদি) ইরাংফুগী ৱাংমদা হৈরুক্লা য়েত্তা পানানা ওইদা থমগদবনি। (ওন্ননা থমগনি)

১৬ ইরাংফুগী ৱাংম ৱাংমদ লৈয়াবগ শোনগদৌরিব মীগা ফমদুন শিস্তাক নোংদম্বীব তারবদি শোনগদৌরিবা মীগা ইরাংফু অদুগা ২ দুগী মরক্তা হৈরুক ওইদ পানানা য়েত্ত থমগনি ।

১৭ লৈয়াবগী মাংদা হৈরুক পানা থমগে হাইরবদি ববগী ওইদা হৈরুক, য়েত্তা পানা থমগনি। মওং অশিদি বর ওইগদবা মী মহাক অদুনা মশানা হৈজবা খংজবা থৌরম্বু ইরাংফুদা লৈহুন তম্বগী ৱানি।

১৮ শোল্লিবা মহাক অদুনা লৈয়াব মহাকপু অপান্ননা লাইনি (লাই অমগী মশক্লি) হাইনা লৌরবদি থম্বা য়াই । অদু ওইরবদি ইরাংফুদা বরনা লৈহুন অমত্তা তম্মরোই।

১৯ মরম অশিনা কাইগ্রবদি কাংখুব্দা মপান শাংপা, থিকনেম্বনা থা লাম্বা, মনানা হৈমাং শাবা পুম্মাং মাংই হাইবদু থোকই ।

২০ খুদম অমতং পিগে খংহৌনবা ঔৱাংদা লাইশং মখাদা মাঙোপ লৈবা অদুগুম্বা মাঙোপ অদুদা ইরাংফু লাংপা তারবদি শোনগদবা ঐনা ঔৱাং ওনগনি ঐগী ৱাংদা ইরাংফু থমগনি, লাইশংদগী কৌথোক্লুনা

তাহনগে য়েংহনগে কুবিয়ু চানবিয়ু হাইনা খুরুমগে হাইরবদি ইরাৎফু অদুগী ঔব্রাংদা খুদা অমা থাগনি, খুদাদুগী মখাদা (মখা থংবদা) হৈরুক পানা থাগনি। শোনগদৌরিবা মহাক অদুগী ওইদা পানা য়েত্তা হৈরুক থমগনি। মরম অশিগীনি মাঙোপ্তা শকপা শোনবা খুরুম্বা মতমদা লাইশং থোং লোল্লিবদো।

২১ য়ুম অমাদ শুমাং য়াওনা মথৌ অমা তৌবা তারবদি মরু ওইনা (অশি অনাগী) উহং = (তুলশি) পাম্বী অদু লৈমাইদগী খুদোল ৪ কাবা ফাওবা চরৈ থোনগনি।

২২ হান্ন হৌদবা অনকপদগী পাম্বী ১ নৎত্রগা মশা অমা থেক্লুরগা য়ুংশিন্দুনা ফিশেৎ তম্বদি তোনা কংদে হাইনবদো অশিনি ।

২৩ তঙাই ফদনা লান্ন থৌরম, লুথাংথৌ = লৈহুন, (৫নি /৬নিগী) ফিরোই থৌরম ৩ হাইবদি অশি অনাগী থৌরমদদি ফি থোনগনি অতৈ থৌরমদুদি ফি থোল্লোই।

২৪ লুহোংবগী নুপী থিল্লকপদা মৈ ওকপা মৈহুম মৈখাক অদু নুমিত্তুগী থমফম লৈতদুনা উহং মখোংদ থম্বদো অথুবা মতমদা লৌথোক্কদবনি মৈশা লাংহনবা ফত্তে ।

২৫ নুপানা খোংশানবা মতমদা নিংশা অহোবা য়েংনা খোংশানগনি হাইবদি নোংমাই, লৈবাক, শগোল, থাং নুমিৎ ৪ অসি য়েত্ত, নিংথৌ, য়ুমশ, ইরাই নুমিৎ ৩ অশিন ওইদা লৈবদা খোংশানগনি।

২৬ য়ুমগী মীনা অফ ফত্ত খুদিংমক য়ুমদগী খোংশানবা মতমদা উহংবু য়েত্তা থম্মগা চৎকদবনি, হল্লক্কদবনি।

২৭ নুপী থিল্লকপা মী অতোপ্পনা করিগুম্বা থৌরম অমগী য়ুম অমদা চংঙকপা তারবদি উহংবু য়েত্তা থম্মগা হাইবদি উহঙ্গী মখারোমদগী চংলক্কদবনি ।

২৮ শামুদা থিনগে হাইরগা থোঙ্গান্দ কুমগনি, দোলাইদ থিনগে হাইরগা থোংগান্দ খাম্মগা চংলকপদা মৈ ওকপা নৎত্রগা উহঙ্গী মখা মনিং

ওইনা থাংলেনফম শোকহন্দনা থামগনি অদুগা মৈ ওক্কুনা উহং খুরুমহল্লগা ইমুং চঙ্গনি, ইহম, লাইরু, লৈমরেন, লাইনিংথৌ খুরুম্লগা ফি হোংদুনা পোত্থগনি।

২৯ নুপানা চংলমদাইদ শোনবগী পোংলমশিংদি লুহোংফম য়ৌদুনা খুদাথক্তা ফম্মম্মনি হাইবা মতমদা শেংদোক্কনি।

৩০ নুপীগীনা লৈহকপা লোইদুনা ফম্মিন্নরবা মতমদা শেংদোক্কনি। অশোই অঙাম য়াওখিদুনা পেন্দবা লৈববদি নিপা নুপী চংঙগা ফম্মীন্নবা অদু ফাওবা থমগনি



# শরোই খাংবা

১ খুল লৈকাইদুগী হরাওফমদা খুঞ্জা লৈকাইদুগী ইমা ইবেন পুনগনি। মানা মানা লৈজবা মনা মশিং হব্রাই চেংব্রাইনচিংবা পুনরক্তুনা মফম অদুদা থেনগনি।

২ হরাওফম লৈত্রবদি খুন্দুগী অহন, লৈকাইদুগী য়াইতোংবা মাগী য়ুমদা পুনর্গনি।

৩ খুন্দুগী মাইগৈ ৪ দা য়েম্থোক্তুনা পোৎ চৈ পুম্নমক মাইগৈ মাইগৈ নাইনা চৎনগনি। লৈকাই খুন্দুগী মাইবী লৈরবদি মহাক য়াওবা ফৈ, লৈত্রবদি নুপী ১না পুং মাই পাকপা পুব ফৈ। কর্বিগীনো হাইরগদি শবোই খাংব লাক্লে খংনবনি। মাইবী য়াওরবদি শনিক নীক্কনি।

৪ য়াওগদবা পোৎচংদি - হৈবী মনা শিংজু, কবোক অফাব, পুকয়ু ব্রাইয়ু হাইনা খংনবা (য়ামগ ঈশিঙ্গ) তিন্নব মহি, মনা মশিং, হব্রাই চেং পুম্নমক পুগনি ।

৫ মাগী মাগী, লমলমগী লমখৈদা খুনগী তারিব মওং, চৎলিব লম্বীগী মতুং ইন্না মাই ওম্থোক্লা পবেং ৩ নৎত্রগা পবেং অমতং লাশেং ২৪ থাদুনা হাপকনি। লেং অহুম থাগে হাইরগ মাংদ ৯, মথংদ ৮, মথংদ ৭ থাগনি, মৈবাদি য়াওরোই ।

৬ ঈশিং খরা তাইরেন মনা অহুম লোংবা মনা মশা ১, পোৎ চৈ থাব লোইরগ নাহাইগনি, কৎলিব পোৎ পুন্বা পোৎচৈ থাব্রবদি চৎথোক চৎশিন তৌদুনা কানব য়াদে ।

৭ পরেং থারিবদুগী ময়াইদ ওইদ চৈখৈ ৭ ফৈনা ইশাবোমদগী হৌনা চিঙ্গনি। য়েত্ত চৈখৈ ৭ থক্লোমদগী হৌনা চিঙ্গনি, ময়াইদ পলান্দবী ৫ তাবি য়েক্লগা ফত্ত হৌদি পুম্নমক (থিং) হাইনা চিঙ্গনি।

৮ লোইরগা হান্না পুনফম ওইখিব মফমদুদা পুল্লগা ময়াম চামিন থকমিন্নদুনা নুংঙাইমিন্নগনি।

৯ হাইরিব মওং অশি মাইগৈ মরিমক খাংঙুরবা তুংদা পুনগদবনি। চৎপা মতমদা নুপী ৩/৫/৭/৯ চৎকনি অহানবদা ঔব্রাংনা হান্না খাংলুগনি, খানা কোনগনি।

১০ মতম অমতদ পাংথোক্লবা মী লৈত্রবদি অবৈবা নুপী ৩/৫/৭ চৎলগা ঔব্রাঙ্গী নিং, মাং খাংলগা খাদ লোইব য়াই । তৌবদি তাইরেন মনা অহুম ফাংব, ঈশিং হান্ন নহাইগনি।

১১ শোনগদব লাইশোন চপ মান্নে ।

**লাইশোন্দি** – লাইবুংথৌ ৯, লাইনুবা ৭, য়াখমলোই ৮, কৌব্রু শবোই ১৪, থাংজিং শরোই ১৭, ব্রাংব্রেন শরোই ২০, মার্জিং শাবোই ২০, পাখংবা শারোই ২০, অতিয়াগী শরোই ৭১ নখোই পুম্বগী নচিঞ্জাক পীরবনি খুল লৈকাই অশিদ মীশি মীনা থৌদোক ব্রাথোক মনুং মতম চাদন পীগনু ফত্তব হৌদিব পুন্নমক হাওবৈখা পাংনা হোইথরগে চিংনুংহুৎ তান্না ব্রাংমা লান্ন চৎখ্রো অযেৎ লাই পুন্নমক লাইগী চৈখৈ ৭/৭না পনথিংলে, মীগী চৈখৈ ৭/৭না পনখাবে থিং থিং থিং থিংলবনি ।

মতাং অশিদা শারোই খাংবা লোইরে ।

**খঙ্গদবা :** করম্বা মতমদ শারোই খাঙ্গদগে ?

মফম মফমদুগী শরোই খাংব মতম মান্নদে লম খরদি ফাইবেন্দা, খরনা ফাইরেনগা লমদাগা অদুগা খর অমনা লমদাগী থাংজ অহানবগা থাংজ অকোনবগ খাংঙি। চাওরাকপ মরমদি নোংদালাইগী মমাংদ লৈবাক অশি উমংলাইনা মনিং তৌনা লৈরম্মি। মখোইনা মীবু ওইনৈদুনা অব্রাব পী হাত্তোকই মাংহল্লি। পুন্নমক অশিবু লাইয়ৈ হাইনা হৌজিক ফাওবা খংনরি। মোইবাংদা লৈরম্বা হেঞ্জুনহাবু মফম খংদনা মাংহনখি। অশিগুম্বা মওং অশিবি খাংবা ঙমদবদগী চিং ব্রাংমা লান্না চৎনখি। লাংব চক্কি চহি ৩১০৮ চংব

ইঙাগী ১৫নি পানব শগোলশেন নুমিত্তা নোংদালাই পাখংবা শাথোকপিদুনা উমং লাইশিংবু মপুক পেন্নব অনৈ চাজ খাংদুনা পীজখি। নুমিৎনা লমদাগী থাংজ অহানবগা থাংজ অরোইবগা শরোই ঙারোই, লারোই শিংলোই পুন্নবু অশিবু তমজনা খাংবনি। থৌরম অশি য়ুমদা লনাই ওইনা খাঙ্গে হাইরবদি চেং খুৎলাক ৯, য়েঙ্গাং মরোন ৯, ঙানু মরুম ১ য়াওনা লুক ২৪ থাদুনা খাংনৈ। চহি অমগী মনুংদ অনিরক তৌগদবনি হাইদুনা মরুশিংনা থম্মীরম্মি।



# খুঙ্গোং লাংপা

থৌরম অসি হান্নদগী হৌনা তৌনরক্তে। হান্নদি সরোই খাংব হাইনা লম-লম অদুগী চৎনবি মতুং ইন্না ফাইবেন থাগী অহানব থাংজগা লমদা থাগী অহানব থাংজগ নত্রগা অকোনব থাংজগদা পাংথোক্লে । চপ চানা তৌফম থোকপদি লমদা থাগী অহানব থাংজগা থা অদুগী অকোনব থাংজগ পাংথোক্লে। করিগিদমক পাংথোক্লখিবনো হাইবদ মোইবাং লমদমদা হেঞ্জুনহা কৌবা অমা শবোই ঙাবোই উমং লাইশিংনা মফম খংদনা হাৎখি ।

মতম খর লৈবগ লাইস্লনা মবুংঙো কোঞ্জিন্তুথোকপদ ইচা অমনা উজবগা ইচা অমদি উব ফংদবশিবু লাইস্না ঐগী কবি ইবান লৈবনা উদবনো তোইনা হাংজরবদ মবুংঙোনা লাইয়ামসিংদ তম্মুবদগী ইমা লাইস্নাবু উনজনিংবদগী থক্কি চক্ত হৌদোক্তুনা শান্নখিব শগোল কাংজৈবু ইমাগী মফমদ উৎখি । ইমানা লাইয়ামগী পেন্নব হাইদুনা অনৈ চাজবু লাইযান্ন নিংবা থুংনব পিজখি । অদুগা থা অদুগী অবোইব থাংজদা অমুক শগোল কাংজৈ শান্নখি। থৌবম অশিদশু ইমানা অনৈ চাজ পিজখি ।

থৌবম অশিবু কাওদনব চহি খুদিংগী লমদাগী অহানব থাংজগা অবোইব থাংজগা উমংলাই শরোইশিংদ পিজনৈ। শরোই ঙারোইশিংনশু মপুক পেল্লদুনা লৈবাক অসিগী খুঙ্গা খুঙ্গং খুদিঙ্গী মনুং মতম চাদনা, মীশি মীনা থোক্তনবা হোৎনৈ। অদুগীদমক শারোই চাক খাংব কৌনা শরোই খাংনবনে।

মখল অমনা ইঙা থাগী অঙনবদ লমদাইব হাইব অমশু শরোইশিঙ্গ লমদুবু কোল্লিব লাইবু ওইববশু মীবু ওইববশু মাগী শরুক তম্ন পিনৈ। মশিনা কুমদুগী মহে মরোং চুমহল্লু, ফৌগৈ চেঙ্গৈ থলহল্লু, লৌরোক পানথা নুংঙাইনা

খোঙ্গং খুৎকংনা ফৌগাহল্লু ময়াম চামিন্নবদ পুক থন্নব হাইদুনা শরোই, ঙারোই, উমংলাইশিংবু তাইনৈ । ঐখোইনা হাইগদবা শরোইশিংদি লাইবুধৌ ৯, লাইনুরা ৭, য়াখমলোই ৮ (পাখংবা শরোই ২০, অতিয়াগী শরোই ৭১) কৌব্রু শরোই ১৪, থাংজিঙ্গী শরোই ১৭, ব্রাংব্রেনগী শরোই ২০, মার্জিংগী ২০ শরোই ময়ামশে চিন্নদং হাইরগা পুন্ন ২৪ শিদং পিবদ য়ানখি ।

থৌরম অসি অশুম চথরকপনা কনাগুম্বা খুঞ্জাদ শরোই খাংদনা খুলবু কোল্লিব অশি লাৎচগে হাইদুনা শরোই খাংব তোক্লগা খুম্ফোং লাৎপা ওইনা লাৎনখিব য়াওখি । লোইয়ুম্বা নিংথৌগী মতমদ হৌদোক্লগা লোইতোংব নিংথৌগী মতমদগী খুম্ফোং লাৎপা ফজনা চথরে। মশিদ চংব পোৎচঙ্গ শরোই খাংব লমতাইবগী পোৎচঙ্গ পোৎচং খরা খেৎনৈ। খুঞ্জাগী মীতারোইদব অহাংব মফম অমদ মাইগৈ ৪ কবোক হৈবোক, পুকয়ু-ব্রাইয়ু, হৈবী মনা শিংজু, মাইগৈ ৪ লুকথা ২৪ চেং, খুনু পু ২, (১না কৌব্রু ওন্ন খুম্ফোং লাইকৌবদ পিগনি। ১না মখা ওন্না ব্রাংব্রেনগী শরোইদ শিদ নাদব পিবিয়ু চাকহোং ফিহোংনা পানজববু খুঞ্জা অশিদ পিনবিরম্মু হাইদুনা লাৎকনি ।

লৈবাক্কি ওইনা নিংথৌকোম্দ কংলাদ পাংথোক্লগনা শরোই চাকথাফমদ তৌগনি। য়ুম য়ুমদ লনাই পাংথোক্কে হাইরবদি শঙ্গোইগুম্ব অমদ পাংথোকপা য়াই। চাকচাদি য়েঙ্খাং মরোন ৩ (চমফুৎ, অথোংব, অনোইব) অশি পিজগনি। নত্রগা য়েঙ্খাং মরোন ৯ গা চমফুৎকশু য়াই । থক্কি মরুশিংনা পিজবদি চমফুৎ, অথোংব, অনোইব অশিনি হাইনা তাকপিরম্মি ।

পিজগদব থাদি লমদা থাদ অমুক পিজরগা (থাংজদা) লাংবন থাগী অরোইব থাংজদ অমুক পিজগনি। শজিভু থাগী থাংজদা অহানব পিজরগা মেরা থাগী অরোইব থাংজদ অমুক চহিগী ওইনা পিজগনি। মশিদা পীজগে হাইরবদি য়েঙ্খাং মরোল ৩ থোংদুনা পিজগনি। চহি অমগী মনুংদ অনিরক পিজগনি হাইনা মরুরোলশিংনা থম্বীরম্মি ।



# পিবা হাপ্পা

## হাপ্পা খঙ্গদবা

১ শাগৈ য়েক অদুনা হাপ্পা হাইবদি য়ুম্লাক অদুনা হাপ্পা তারকপা মফম লম অদুদা অপোকপগী খুবম শাগনি। পিবা অদুনা অদুগী খুবম শঙ্গনি। মানা লমদ হোংব তারবদ শংবিহৌগদবা লৈত্রবদি মানা হোংবা (লৈরুগদবা মফমদুদা) অপোকপা থমগনি ।

২ শাগৈ য়েক অদুগী চহিগী থা, থবান শাগৈদা পাওজেন্দুনা খংহনগনি।

৩ য়েক অদুগী ইপা ইপুগী লৈ, ঈশিং, নাহাইপোৎ, নুঙ্, থাঙ, হৈ, ফিগী মচু মুন্না খংদবা য়াদে, য়েক য়েক অদুগী পুকোক্লা করি থাদা থবান কয়াদ থোকখিবগে খংগদবনি। থা অদুগী থবান অদুদা অপোকপা খুরুম্নবা শিনগদবনি।

৪ লুবাং য়েক্কি খুরুমগদবা থা - পোইনু থাগী ১৫নি পানবা থানিল য়ুমশকৈশা নুমিত্তা শাথোকখি মরম অদুনা পোইনু থা অচংবা য়েংলগা অপোকপগী থৌ পাংথোক্কনি ।

| | | |
|---|---|---|
| লৈনা | - | মেল্লৈ/খোঙ্গল্লৈ |
| নুঙ্না | - | নাপু/অঙাংবা চংবা ময়ুং নাইবা |
| লানা | - | চংবি লয়াই |
| ফিনা | - | নাপুগী ফি |
| ঈশিংনা | - | লমফেন পাত্তগী/লুবাং ঈদগী |
| থাঙনা | - | তোন্দুম্বা = মতোন তুম্বা |

পোৎলমশিংশি চঙ্গনি পিবা মানা খংগদবনি । (অতৈদি অপোক্লোন্দা য়েংঙু )

৫ পিবা মানা করিগুম্বা লাইনা অমদগী মখোং মখুৎ শোইনাইরবা, য়াখন চোইদুনা অফ-ফত্ত খন্নবা য়াদরব, অদুগা পাপ্রা ওইরবদি পিবা অমা শিনগনি ।

৬ পিবা সিনবা (হাপ্পা) মতমদা (নুপা-নুপী) অনিমক থকখন খন্দুনা মশাগী য়েক্কি ঈশিংন ইহৈদুনা ইরু মাইতাবিগনি। য়েক্কি ফিচু শেত্তুনা শাগৈদুগী ওমজবা অথেনপোৎ অমা শেমদুনা মাইয়োকথা লাঙ্গনি। (নুপীশু মশাগী য়েক্কি ফিমচু শেত্তুনা ফমগনি।)

৭ পিবানা অপোকপগী লুক হৌগনি, চমাইদুনা খাওবুনাইদা পিরগা লুক ১ নৎত্রগা ৩ পু অহুমদা কৎকনি ।

৮ চহিগী লেপ্পখিবা নুমিৎ অদু তেক্ত কাইদনা পিবানা পাওজেন্দুনা খুরুমগনি । পিবাগী ইমুংদা অকাইবা মীশি মীনা থোক্তুনা য়ুম মাংবা তারবদি থৌরম অদু পোত্থাগনি। শাগৈদুগী য়ুম ১না য়ুমমাংবা থোক্লবদি য়ুম অদু য়াওদনা থৌরম অদু কাইদনা চত্থগনি ।

৯ হয়েংনি হাইবা নুমিত্তা পিবানা অপোকপদা লৈতুম ১, লৈ অঙৌবা ১, লাদা হাপ্তুনা পাওতাক্কনি ।

## পিবা হাপ্পা মতমদা

১ মশা শোইনাইবা য়াদে, মীনা হঙ্গোইগদবা লাইনা লাইথুং লৈবা য়াদে। পিবা ওইরবা মতুংদা থৌরম অশি থোক্লবদি মশানা য়ানা পিবা ফম থাদোক্কদবনি ।

২ মচা নিপা য়াওদবনা পিবা ওইবা য়াদে। য়াওরবশু তুমন লৌদুনা মচা নিপা পোক্লবশু পিবা ফম ওইবা য়াদে ।

৩ মশাগী মচা অমত্তা লৈজদ্রবদা পারি পুরি, তিন্নবা ইপা ইতোনগী মচাবু পিবা মানা য়োক্তুনা মচা ওইবা য়াই নত্তদুনা য়েক মফম খংদবা অঙাং অমবু য়োক্তুনা মচা ওইনা য়োক্কে হাইরবদি শাগৈগী অহল লমন্দ তাক্তুনা-শাগৈনা লৌখৎলবদি য়াই নৎত্রবদি য়াদে ।

৪ শাগৈদুগী মীশি মীনা মওং চাদনা শিখিব নাখিবগী চুক শাবা তারবদি পিবাদা তাক্কনি পিবাশু য়াওদবা য়াদে ।

৫ শাগেনা য়াদবা থবক তৌরবদি পিবা লৌথোকপা য়াই অদুগা অমা শিনগনি ।

৬ য়েক তিন্নবা লৌবনা পিবা ওইবা যাদে ।

৭ শাইকক তিন্নব হাইবদি (মমাদি অমত্তা ওইবা মপাদি অনি শুবা) অদুগী মচা অনিদু লৌবনা পিবা ওইবা য়াদে ।

৮ ইপু ইবেন ১দগী শখাই অনি থোক্কুনা লৈনবা অদুগুম্বী পেলোন তিন্নবা নুপী লৌদুনা পিবা ওইবা য়াদে ।

৯ মপাগা পোকমিন্নবা মচে, মচন মনেগী মচা লৌদুনা পিবা ওইবা য়াদে ।

১০ মচেনা মনাওনা, মনাওনুপীনা মযাম্বনা লৌবা মিঙ্গৌ ওন্নবা অদুনা পিবা ওইবা য়াদে ।

মথক্তা হাইবিবা ব্রাফম অশিগী মতুং ইন্না ঙসি ................ থাগী ...... নি পানবা ................ নুমিত্তা ................ যুম্নাক্কি শাগেগী ..................... মিংবু অপোকপা ................................. বু শাগে অশিগী পিবা হাপ্লে। থক্কী লাইবমলেনগী কাইদনবা শাগেগী অহল লমন যাওনা ইক মাইতা ইহৈদুনা পারি পুরিগী থক খাবু কাইদনা ফম্বাল তোংলে। ঙসিদগী শাগে অশিগী অশোই অঙাম লৈতনবা ইপা ইমা শক্ক নাওকোনবিরনি হাইনা পিবা লৈমরেন অনিমকপু পুরুম লৈপাইনজবি ।

